# ৱাহৌদোক

অঙাংগী দ্রামা মচা অহুম হায়বা অসি মরুওইনা অঙাংশিংবু ময়াম মমাংদা ৱারী-ৱাতাই শাবগা লোয়নননা জ্ঞান পীবা লাইরিককনি। মফম অসিদা "ভেজিটেবল কনফরেন্স" হায়বা দ্রামা মচা অসি বেসিক উইক পালন তৌবা খৃষ্টাব্দ ১৯৬০ অমসুং ১৯৬১ দা মথংশিংনা ইম্ফাল বিঃ টিঃ আইঃ গী প্রাকটিসসিং স্কুলদা উৎখ্রবনি। মসিদগী হেন্দোকতুনা মণিপুর এডমিনিষ্ট্রেসন, ইডুকেসন ডিপার্টমেণ্টনা টেপ রেকোর্ডস তৌবিখ্রবনি। মসিদা লাইবক থিবা অমনা লাইরিক মচা অসি ছাপা নমথোক্কবা অসিতা মঙাইরে। অদুগা দ্রামা মচা অসিনা অঙাংগীদি মতিক চাবা দ্রামা অমদি ওইরে হায়ববু লাইরিক ওইনা ছাপা নমথোকখ্রবদি লাইরিক য়াম্না পিকখিবা তারে। মরম অসিনা অঙাংগী দ্রামা মচা অসিদা অতৈ অতোপ্পা দ্রামা মচা খরসু য়াওহনলে। শমনা হায়রবদা দ্রামা মচা অহুমনা শাবা লাইরিককনি। মরম অদুনা লাইরিক অসিগী মমিংসু "অঙাংগী দ্রামা মচা অহুম" কৌজরে। লীলা অহুমনা শারা লাইরিককনি। মসিবু করিগুম্বা গোভর্ণমেণ্টনা খনবিথিবা থোকলবদি ইজমনগী মহৈ য়াল্লে হায়না খঞ্জগনি।

# মহৈ-মরোং সভা

## "ভেজিটেবল কনফরেন্স"

---

লীলাদা চংগদবা মীকোক ( মহৈ-মরোং )

নিপাগী শরুক

(১) আলু অঙৌবা, (২) মঙ্গল হরাই,
(৩) বাঁধা কোবী, (৪) খোংক্রুমঅঙৌবা,
(৫) মাইরেল কমপ্রেং, (৬) সুংহরাই,
(৭) মালি।

নুপীগী শরুক

(১) হঙ্গাম, (২) লফু, (৩) ক্লুদিগোম।

---

# অহানবা উৎপা

**মতম**—অয়ুক।

**মফম**—বেসিক স্কুলগী ইস্খোল।

**মরম**—মতম অত্ত অয়ুক্কি, ইস্খোল কোইবা মপুনা ইস্খোলদা মহৈ-
মরোং থাগে হায়না খন্দুনা অয়ুক অঙনবগী পোষাক শেৎলি,
মকোক্তা খুদৈ অমা য়েৎলি, খুদৈ নত্রগা খোংগ্রাও
অককপা অমা উপই। ফুরিৎ (লৌখাও ফুরিৎ)
অমা লিৎলি। মরেংবান্দা য়োৎপাক অমা,
মখুত্তা ঈশিং চাইনবা পেরে অমা
পাইরি। চৎনা চৎনা খল্লি।

মালি—করিনো ঐনা ঙসি তৌগদবা থবক অসিবো ? পৃথিবী অসিদা চিঞ্জাক্কীদমক অরুবা সমস্যা অমা ওইনরক্লে। মীশিংনদি নোংম-নোংমগী হেঙ্গৎলকলি। চাগে চাগে হায়বনা ময়া কানরক্লে। মতম অসিদা ইংখোল কোইরিবা লৌমী ঐখোয়নদি মহৈ-মরোং মতিক চানা পুখোকপদি ঙম্লকত্রে। মসিগী মরু ওইবদি মহৈ-মরোংগী মপুক্লিং খংনা থবক পাইখত্তবনা থোকপনি। অদুগা ঐ ইশামকস্তু পৃথিবীগী মনুংদা ইমিং চৎপা মালি অমদি ওইনিংই। অদুগা মহৈ-মরোংগী মপুক্লিং, মখোয়না পাক্লিবা চিঞ্জাক,

হার, লৈফম হায়বদি থাফম মতিক চানা খঙদ্রি। অদুনদি মহৈ-মরোং কৌরগা কনফরেন্স সভা অমা ফমলগা হংলগে। তারিব্রা ইবুংঙো আলু!

আলু—(থোরকপা) করিনো মালি?

মালি—ইবুংঙো আলু! ইবুংঙোবু করম করম্বা মফমদা লৈরগা ফগদগে?

আলু—ঐদি লৈতানগা লৈঙোইগা য়াম্নবা লম, লৈঙোইনা খর হেনবা লম, অতোংবা মফমদা আলু ঐগী লৈফমনিদনা।

মালি—ইবুংঙোগী মিংবু আলু কৌরিবসি করম থোনখ্রিবনো?

আলু—আদা লৈপাক মনুংদা লুনা লৈ হায়দুনা ইপা ইমানা আলু কৌখিবনি।

মালি—নুংঙাইরেদা ইবুংঙোগী মিংগী অর্থ খঙজবা। অদুগা কয়া লুনা লৈনুংদা লৈবিগনি?

আলু—ফুট ১½দগী ২ ফাওবা লুনা লৈরগা ঐগী নুঙাইজবনি।

মালি—খোইদোকপা তারবদি লৌওন কয়া?

আলু—লৌওন নিপান্দগী তরা ফাওবা খোইদোকউ।

মালি—করি করি চিঙ্জাক, হার হাবিগনি?

আলু—উৎকী শরুক য়াম্না য়াওবা ষষ্টী অপুম্বা সের ½ অমগা উৎ সের অমগা য়াম্নবা অদু আলু পাম্বী অমগী মতিক চাবা চিঙ্জাকনি মালি!

মালি—করম্বা মতমদা থাবা ফৈ ?

আলু—লাংবন, হিয়াংগৈ, ৱাকচিং, ফাইরেন মতমসিদা থাবা ফৈ।

মালি—লোকপা মতমদি থা কয়া লৈরগা লোক্কদগে ?

আলু—থা ৫।৬ ফারগা তান্থোকপা ফৈ।

মালি—অত্তুদি অমুক্তা ঙাইবিখো।

আলু—ফৈ।

মালি—তারিব্রা মঙ্গল হৱাই !

মঙ্গল—(থোরকই) কনানো ?

মালি—ননাই মালিনে, অমুক্তা লেংথোকপিরকও।

মঙ্গল—করিনো মালি ?

মালি—ইবুংঙো মঙ্গলবু করম্বা লমদা খুন্দারগা নুংঙাইগদগে ?

মঙ্গল—ঐগী লমদি য়ান্নবা লম, লৈতাননা হেনবা লম. ঐগী ইতিক চাবা য়ুমফমনি।

মালি—করম ফরম্বা চিঙ্গাক্তি হাবিগনি ?

মঙ্গল—ষষ্ঠী অপৃম্বা হার পৌৱা অমগা উৎ পৌৱা ॥০ অমগা ঐগী ইতিক চাবা চিঙ্কাকনি।

মালি—কয়ারক খোইগদগে ?

মঙ্গল—লৌওন তরেৎ নিপাল্লক খোইদোকউ।

মালি মরু হুনবা মতমদি ?

মঙ্গল—লাংবন, মেরাদা।

মালি—লোকপা মতমদি ?

মঙ্গল—ৰাকচিং, লমদা থা অনিসিদা।

মালি—অদুদি অমুক্তা পোণ্থাবিখো ?

মঙ্গল—ফৈ।

মালি—হো বাঁধা কোবী, অমুক্তা লেংথোকপিরকও !

কোবী (থোরকপা)—কনানো মতম চাদনা ঐবু কৌরিবা ?

মালি ননাই মালি, লৌমী ঐনে।

কোবী—করিগীনো মালি ?

মালি—ননাইনা সেবা তৌজনিংহুনা।

কোবী—করি করি সেবা ?

মালি—ইবুংঙোগী পুক্নিং খঙদনা ননাইনা করম্না সেবা তৌগনি ? মহুগী মরম হংজনিংহুনা।

কোবী—হংউ, হংউ নংনা অপাম্বা।

মালি—ইবুংঙোগী শঙ্গাইবু ?

কোবী—য়ান্নবা লম, লৈতান্না হেনবা লমদা ঐগী লৈফমনি।

মালি—করম করম্বা মথেন, চিঞ্জাক কৎচো হায়বগে।

কোবী—ষন্থী অপূম্বা সের অনি, উগী উৎ সের অমা, নংনা ওমজরবদি ওকথা সের মথাই অমা মসি য়ানশিন্দুনা পীজরবদি মালি, ঐনা বর পীগনি।

মালি—কাংখুলদি কয়া লুনা তৌগদগে ?

কোবী—ফুট অমা মথাই লুনা তৌথোকউ।

মালি—কাংখুন্দা কয়া ৰাংলগা হোংদোক্কনি ?

কোবী—নুংঙাইদা মালি, থবক কুপইদা। ইঞ্চি মরি ৰাংলগা হোংদোকউ।

মালি—করম্বা মতমদা থাগনি ?

কোবী—লাংবন, মেরাদা থাজৌ মালি।

মালি—করম্বা মতমদা হেক্কনি ?

কোবী—ৰাকচিং, লমদাদা হেকচৌ।

মালি—ইবুংঙোনা কয়া ফাওবা লূম্বা ঙম্বগে ?

কোবী—সের অহুম মরি ফাওবা লূম্বা ঙমই।

মালি—অদুদি অমুক্তা পোত্থাবিখো।

কোবী—কৈ কৈদোগে।

মালি—খোংদ্রুম অঙৌবা!

খোংদ্রুম—কনানো ঐগী অশাওবী কৌরিবা ?

মালি—অমুক্তা লেংথোকপিরকও, ননাইদি অশাওবীনি হায়বা খণ্ডজরুদ্রে।

খোংদ্রুম ( থোরকপা )—করিনো লৌমী ?

মালি—ইবুংঙো খোংদ্রুম অঙৌববু করম্বা জাগাদা লৈবিগনি ?

খোংদ্রুম—ঐগী লৈফমদি স্বর্গদা লৈফদে, পাতালদসু লৈফদে,

অতোংবা লৈঙোইগা লৈতানগা য়ান্নবা লমদি ঐগী ইয়ুমনি। কোমজাওদা ঐগী য়াতাফমনি। মৈ নিংথিনা থাদোক্লবা লৈবাক শরুক মখাই অমা, য়ান্নবা লৈবাক শরুক পৌব্রা অমা মদু ঐগী ফমফমনি।

মালি—হারদি ?

খোংক্রম—ষষ্ঠী অপূম্বা পৌব্রা অমা, উগী উৎ সের মখাই অমা মসি ঐগী চিঙ্গাক্নি।

মালি—থাবা তারবদি করম্বা মতমদা ?

খোংক্রম—ফাইরেন, শজিবু।

মালি—লোকপা মতমদি ?

খোংক্রম—ইঙা, লাংবন।

মালি—ইবুংঙোদি সের কয়া লুম্বগে ?

খোংক্রম—সের ২০ দগী মণ অমা ফাওবা চাউথোকপা ঙমইদনা।

মালি—অদুদি অমুক্তা লেংশিনবিখো।

খোংক্রম—ফৈ মালি।

মালি—ইবুংঙো ফমপ্রেৎপু করম্বা লমদা লৈবিগনি ?

মাইরেল—ঐগী লৈফম হংলিববু করিগীনো ?

মালি—ননাইনা সেবা তৌজনিংহুনা।

মাইরেল—অদুদি হায়য়ুদনা।

মালি—করম্বা লমদা লৈবিগনি ?

মাইরেল—অতোংবা লম, লৈঙোইগা লৈতানগা য়ান্নবা লৈবাক শরুক পৌৰা অমা তিম্নজুনা লৈবা মফমদা ঐগী য়ুমফম্নি।

মালি—হারদি করি করি হাবিগনি ?

মাইরেল—ষন্থী অপূম্বা পৌৰা অমা, উগী উৎ সের মথাই অমা মসি ঐগী চিঞ্জাক্নি।

মালি—থাবা মতমদি ?

মাইরেল—ফাইরেল, শজিবুদা।

মালি লোকপা মতমদি ?

মাইরেল—ইঙা, লাংবন।

মালি—লূম্বদি সের কয়া ফাওবা ?

মাইরেল—সের ২০ দগীনা মণ অমা ফাওবা লুম্বা ঙম্বা ঐগী স্না হকচাংনি, খঙউ মালি।

মালি—ননাই খঙজরে, ইবুংঙো মাইরেল ফমপ্রেৎ অমুক্তা পোথাবিখো।

মাইরেল—ফগনি।

মালি—হো ইবেম্মা লফু !

লফু—কনানো তোইনা তোইনা কৌরিবা ?

মালি—ইবেম্মদি করম্বা মফমদা কয়া লুনা পোথাবিগনি ?

লফু—লৈঙোইনা হেনবা অতোংবা লম, কোম্না ফুট অনি

লুবা, পাকপনা ফুট ৪ পাকপা মফমদা ঐবু থারবদি ইচা য়াম্না পীবিগনি খঙলব্রা ? মালি অপংবা।

মালি—ননাই অপংবনি, খরা শিংজনিংহুনা ইবেম্মবু কৌজরিবনি। করি করি হাবিগদগে ?

লফু—ষষ্ঠী শরুক অমা, উগী উৎ শরুক অমা, লৈঙোই শরুক অনি, লৈতান শরুক অমা মসি ঐগী চিঙ্গাক্কি।

মালি—করম্বা মতমদা থাগদগে ?

লফু—ফাইরেল, লমদাদা থাও।

মালি—চহি কয়াদা লফোই পীবিগনি ?

লফু—চহি ১ দগী ৩ ফাওবদা ঐনা লফোই পীবিগনি।

মালি—থরো অমদা লফাং কয়া কয়া পীবিগনি ?

লফু—চিঙ্গাক ফরগা লফাং ১২, ফত্রগা লফাং ৮ পীগনি।

মালি—ইবেম্মবু চহি কয়া পুন্সিবগে ?

লফু—লৱাইদা ইচা পোল্লবদি পুন্সি লোইরে।

মালি -অহুদি অমুক্তা পোত্থাবিখো।

লফু - ফগনি।

মালি—হো ইবেম্মা হঙ্গাম, হো ইবেম্মা হঙ্গাম!

হঙ্গাম—হো কনানো লাকনা লাকনা কৌরিবা ?

মালি—ননাই মালিনে ইবেম্মা।

হঙ্গাম—করিনো মালি ?

মালি—ননাইনা ৱা খরা হংজনিংঙুনা।

হঙ্গাম—করি ৱা ?

মালি—ননাই ঐগী ৱাদি……।

হঙ্গাম—নংনা মালি ওইরগা লৈবাক মমাংদা ফাওজনিংঙুনা ঐবু কৌরিব্রা ?

মালি—অহোই, ইবেম্মবু কয়ুমনো ?

হঙ্গাম—হঙ্গামজমনে।

মালি—অরোনবা মিংদি ?

হঙ্গাম—মিঠাইতেল থৌরাণী।

মালি—করিগী থৌরাণীনো, ব্রাহ্মণী ওইবিরব্রা ?

হঙ্গাম—ব্রাহ্মণীগী মথক্কি, লাইগী সেবা পুরিবনি।

মালি—ইবেম্মনা কদাইদা য়াতাবিগনি ?

হঙ্গাম—ঐদি য়ান্নবা লমদা লৈ।

মালি—কয়ারক খোইদোকউ হায়বগে তাকপিয়ু।

হঙ্গাম—লৌওন মরি মঙারক খোইদোকউ, ঐবু হুনগে হায়রবদি।

মালি—করম করম্বা হার হাবিগনি ?

হঙ্গাম—যঙ্গোল লৈবাক সের অমা, যষ্ঠী সের ১, উগী উৎ সের ১, থিগী হার সের ১ পাম্বী অমমমদা ফংলবদি ধন্য ধন্য মালি।

মালি—হুনবা মতমদি ?

হঙ্গাম—হুনবা মতমদি মেরা পূর্ণিমা ঐগী ইপোক নুমিৎনি।
পোইনু অমা য়াই, ইমাগী মপোক নুমিৎনি।

মালি—চাবগী মতমদি ?

হঙ্গাম—থা ১২ দগী চাবা য়ারে।

মালি—অত্তুদি অমুক্তং পোথাবিখো।

হঙ্গাম—ফৈ ফৈ।

মালি—তারিবরা হো নুংহৱাই!

নুংহৱাই—( থোরকপা ) হো কনানো নুং ঐবু কৌরিবা ?

মালি—ননাই লৌমীনা করিগুম্বা খরা হংজনিংহুনা।

নুংহৱাই—হায়য়ু তাসিদনা।

মালি—ইবুংঙোবু করম্বা মফমদা লৈরগা নুংঙাইগনি ?

নুংহৱাই—য়ান্নবা লম হায়বদি লৈঙোইনা হেনবা লম, নুংহৱাই ঐগী লৈফম্নি।

মালি—করম করম্বা চিঙ্গাক চাবিগনি ?

নুংহৱাই—ষষ্ঠী অপূম্বা পৌৱা ১, উগী উৎ পৌৱা ১, লৈতান পৌৱা ১ অসি পীজরবদি করি হায়গনি মালি ঐগী স্বর্গনি।

মালি—করম্বা মতমদা থাজৌ হায়বগে ?

নুংহৱাই—ঐবু থাগে হায়রবদি ইঙা, ইঙেন্দা থাজৌ।

মালি—করম্বা মতমদা লোক্কনি ?

নুংহৱাই—হিয়াংগৈ, পোইন্নুদা লোক্কনি।

মালি—অদুদি অমুক্তা পোত্থাবিখো।

নুংহৱাই—ফৈ ফৈ।

মালি—ইবেম্মা ফদিগোম নুংশিবী !

ফদিগোম—(থোরকপা) করিগীনো নুংশিবী হায়না কৌরিবা ?

মালি—ননাই মালিনা কৌজবনি, অমুক্তা লেংথোকপিরকউ।

ফদিগোম—করিনো মালি ?

মালি—করিস্থ থোইদোকপা নত্তে, ইবেম্মবু করম্বা মফমদা যাতাবিগনি ? ননাইনা মফম শেমজগে হায়ত্তুনা।

ফদিগোম—য়াম্নবা লমদা, নৈতান্না হেনবা মফমদা ঐগী য়াতা-ফমনি।

মালি—করম করম্বা চিঙ্গাক হাবিগনি ?

ফদিগোম—ষঙ্গোল শেংদোকপগী লৈবাক মকুপ, উগী উৎ শরুক অমা মসি ঐগী চিঙ্গাক্নি। অদুগা নংনা ঙমজর-বদি ষষ্ঠী মকুপ্না হাকথং থংউ। মাদু ঐগী অরুম্বা ফৈজুপনি।

মালি—থাবা মতমদি ?

ফদিগোম—ইঙা, ইঙেন, মেরা, হিয়াঙ্গৈ থা মরিসিদা থাজো।

মালি—লোকপগী মতমদি ?

ফদিগোম—থা মঙা-তরুক লৈরগা লোকচো।

মালি—অতুদি ননাইনা মনা-মশীংগী মফমদা করি সেবা তৌগনি ? ঙাইহাক্তং উখোং অসিদা পোৎথারুখিসি। করি হায়বগে ?

ময়াম—ফৈ ফৈ পোৎথারুখিসি। ( ময়াম চংখিবা )।

## শিন চিংথৎপা।

## অনিশুবা উৎপা।

মতম—নুমিদাংৱাইরম।

মফম—উজাও মখোং লৈতোং!

মরম—মালিনচিংবা মনা-মশীং পূমনমক ঙমনা উখোংদা থোরকলে। মতম অসিদা মালিনা লাওরকই।

মালি—তাবিয়ু মনা-মশীং, মহৈ-মরোং পূন্নমক্কী মফমদা ননাইনা ইখুৎ তরামক লোন্ননা ইহু কাইদা লিশিংনা খুরুমজরি। মরমদি চানবিহুনা ময়ামগী মতিক-ময়াই পূন্নমক ননাই অপংবা মালি ঐগী ইমাংদা অমুক্তা পোংনবিয়ু। ননাই তাজগে।

আলু—তারিব্রা মহৈ-মরোং পূন্নমক, তাজৌ আলু ঐনা ঙম্বদি,
ইরোনবগী জাত্তা আলু ইরোনবা,
শাক্কী জাত্তা আলু শাক,
কাংঙৌগী জাত্তা আলু কাংঙৌ,
মেৎপগী জাত্তা আলু মেৎপা,

ভাজাগী জাত্তা আলু ভাজা,
দোমগী জাত্তা আলু দোম।
জয় ভোলানাথ।

মঙ্গল—তুমিন লৈয়্যু আলু নংনা মীমাংথোকপা য়াত্রা?
হায়বিগে তাজৌ মঙ্গল ঐগী ইতিক ইগুণ—
লাইরবস্ যোকপীবা, ইনাক খুনবগী মরূপ,
মঙ্গলগী মশক ওইবা মঙ্গল হৱাইনি।
ইরোনবা ময়ান্দা ঐনা নিংথৌনি,
পূম্না থোংবদা হৱাই থরাক মপূম,
তকতুনা থোংবদা মঙ্গল কংতক,
চমফুত্তা হৱাই থরাক মপূম।
কাংঙৌগী জাত্তা মঙ্গল কাংঙৌ,
তাউবদা মঙ্গল অতাওবা,
শাইওন পুবা মঙ্গলজাওসিং
বোরাগী জাত্তা পকৌরা!
পাকনমগী জাত্তা বেশোন পাকনম,
মধুর কনানো মঙ্গল ঐনি।
থোংহুনা চাবদা, মেত্তুনা চাবদা,
ঙৌহুনা চাবদা, ফুত্তুনা চাবদা,
পূমনমক মঙ্গল মঙ্গল জয় মঙ্গল।

( ময়াম খুরাক খুবা )

কোবী—তানিংদে মঙ্গল, কোবী লৈরি কাওব্রা ?
তাইবং পূম্বা অমতা গুইনা পূল্লি হায়দুনা
ঐগী কোলোয় মিংলেন বাঁধা কোবী কৌবনি।
চমফুত্তা ঐগা মান্নবা কনা লৈবগে ?
শাক্কী জাত্তা কোবী শাক,
কাংডৌদা শীংথাবা য়াবা কোবী।
সপ্লাইগী নিংথৌরেল, মণিপুর য়োকপা বাঁধা কোবী।
জিন্দাবাদ, কোবী জিন্দাবাদ !

খোংক্রুম—ৱাশিং অসি নাকোংদা হাপ্পা য়াদ্রেদা।
করিস্থ লৈত্রবা বাঁধা কোবী ফাওবা পোংনরে।
খোংক্রুম অঙৌবা ঐ লৈরিঙৈদা।
চমফুত্তা কনাগা পাগনি,
য়েঙ্গাংদা খোংক্রুম ঐহাকনি,
ইশাগী ভারী মণ অমা।
ইশা ইরেংনা তাইবং থুংবা,
পূমনমক্কী মথক্তা কংলগা
ইমিং তুম্বা কৌনরিবনি।
তাইবং শুমহৎপা যন্ত্রনি,
নারদগী বীণা যন্ত্র খোংক্রুম ঐহাকনি।
সেতার, তানপুর ঐগী ঐশানি,
মখোলতা তাবদা তাইবং জীব শুমহৎপনি।

লিলপুবগী বীন তুম্বা ঐগী ইচানি।
মুপীগী ঈ ফহননবা হিদাক শেম্বদা
খোংদ্রুম অখাবা ঐগী শাইওন্নি।
খঙদ্রা! নখোয় পূমনমক
খোংদ্রুম অশাংবা গদানা নকোক য়েখাইয়ুরা?
মাইরেল ফমপেং—তানিংদে খোংদ্রুম অঙৌবা।
মাইরেল ফমপ্রেং লৈরি খঙদ্রা?
চমফুত্তা নংনা হেনগদ্রা?
শাক্তা মাইরেল শাক,
তলগী মরক্তা সম্রাট
কুইনা লিবদা শজিবু ফাওবা,
ইচুনা স্নাহিংবা কুচু,
ইপালনা বেঙ্গুল,
ইতোম্না অথোইবা শাক।
ইশুং খুদিংনা লৈবাক লৈবাক
হকচাংগী ভারা মণ অমা,
মেলাদা উৎব্রবা মাইরেল ফমপ্রেংনি।
ফম্বদা লেমই হায়হনা
ফমপ্রেং উপাধি ফংলিবনি,
মরী চংপদা ঐগী ইপা কদাইদা।
য়েরুম তল হোবদা মাইরেল মনা,

খঙউ থোংক্রুম অঙৌবা !
ঐগী ইতিক ইয়াই
কাংঙৌদা মাইরেল মরু।
জয় হিন্দ মাইরেল ফমপ্রেং জয় হিন্দ ॥
লফু—করিনো হায়রিবা ৰাসিবো,
লফু ঐনা তাবা য়াদ্রেদা—
থৌরম খুদিংদা লফু ঐ য়াওদনা,
করম্বা থবক থৌরম য়াবগে?
লফু ইরোনবা হায়নরিবনি।
থোংবদা হাওবা লফু ঐহাক্নি, ঙাতিন ঙাফক্কা।
লানা থবক খুদিং চন্নবনি,
কর্ম্ম তৌরে লা, বার্ত্তন তৌরে লা,
মরম খুদিংদা লাগী মথৌনি।
লৰাই লিতোন চাবোকপী লফুনি,
লফু থরো ইরোনবা কমদৌই ?
লফু থরোগী পকৌরা হাওত্রা ?
লফোইগী অথুম্বা কমদৌই ?
হকচাং কাম্নবদা লফোইনি,
ভিটামিন পীবা লফোইনি,
বন্দে মাতরম্ লফোই।

হঙ্গাম—ইচাশিংগী ৱাশিংসি ইমানা তাবা য়াদ্রেদা।
পোকপদগী শিবা ফাওবা
শিজিন্নবা য়াবা ইমাগী হকচাংনি।
অমাং-অতা লৈত্রবা ইমাগী দেহনি,
ইকা খুদিংনা ইচাশিং য়োকপনি,
চমফুৎকী মনুংদা হঙ্গাম পেরে।
থোংবগী মনুংদা হঙ্গাম থোংবা,
অয়ুক করি হঙ্গাম,
নুমিদাং করি হঙ্গাম
হংডুনা কাম্নদে হঙ্গাম।
নাতোন জগোই শাহনবা
হঙ্গাম মতোন ঐহাক্নি,
ইপান্না খোইগী মরুমনি,
খোইহি পীবা ইমানি।
কংলগা মরুনা অহাওবা থাও
চানবা থাও অচা থাও,
থুমলবা থাও মিঠাইতেল,
নথোয় পূন্নমকনা চাউথোকচবা,
হঙ্গাম থাও ঐগী
ইপান তাংজবা নত্রনে ?

শরেং থোংবনা হাওবদি
হঙ্গাম থাও ঐগী ইপান তাংবনি।
শরেংসু থোংবা, থাওসু থাকপা
হায়নরিবনি হায়নরিবা।
করিগী চাউথোকলি ইচাশা!
তপথৌ তপথৌ ইচাশা।
শান্তি! শান্তি! শান্তি দেবী!
পূমনমক থাদোকতুনা ঐঙোন্দা চংজৌ।
সর্ব্ব ধর্ম্মান পরিতেজ মামেকং শরণং ব্রজঃ॥

নুংহৱাই—ইমাগী ৱাসি নচা ঐনা তাবদা ৱারেদা।
ইশা কনবদা ইপা লৈতে হায়দুনা নুংহৱাই কৌরিবনি।
ফুৎপদা নুংগুমই হায়দুনা নুংগী মিংথোল ফংলিবনি,
থকপদা য়ুগী নিশা পোকই হায়দুনা য়ুহৱাই কৌবনি,
ঐগী ইচুম্না ফিশুবা য়াবনি,
ফুৎতুনা চাবদা ঐগী ইপা লৈতবনি,
আচারগী জাত্তা হৱাইজারনি,
হকচাং ফবদা হায়নরিবনি।
লাইর-ঈনাকখুনবা থাক্তনা, য়েঙ্খাংগী পালি পুরিবনি।
ঙাগী ঙমথং হৱাইজারনি, ভিটামিন, প্রোটিন পীবনি।
ঙৌদুনা চাবদা ঐগী ইপা লৈতবনি

ঐগী পাউদর নুমিৎ খুদিংগী
থক্লবা মী মহাক অদো
লাইনা চংদ্রবনি থঙউ।
য়াইফরে য়ুহৰাই য়াইফরে।

ফদিগোম—মনম নুংশিবী মরোইগী মনুংদা
ফদিগোম ঐনা রাণীনে।
য়েঙ্খাংগী রস হাপ্পনে ঐহাক্তি,
কুম্বী কালেন নাইদবী,
পোকপদগী শিবা ফাওবা,
ইনম কোকত্রবী ঐহাকনি।
ঐগী ইনম নুংশিবা,
হনবা লৈত্রবা মরোইনি।
বারহ মসলাগী মরক্তা
মকোক থোকপী ফদিগোমনে।
মরুনা কবিরাজগী অথোইবা হিদাকনি।
নুংশিথোইবী নুংশিতোন
ফদিগোম মানবী তথোৎপী
হায়নরিবী মরোইনে।

মালি—(লাওরকপা) নুংঙাইরে, নুংঙাইরে, হরাওরে হরাওরে।
মহৈ-মরোং পূন্নমক হৌজিক্তি,

মালি ঐগী অমম্বা জ্ঞান পূম্নমক
কোকলে কোকলে কোকথোকল্লে।
ঐনা লৌ ইংখোল পাইখৎপা
ইমান্নবনা লাকচবা ঙমলরোই ঙমলরোই
মসিগী মরু ওইবা মরমদি
মহৈ-মরোং পূম্নমক্কা তিন্নজবা,
নুংশিননা তোৎনজবা,
একতা ওইবা মরমনা
ফংজবনি ঐনা জ্ঞান পূম্নমক।
ময়াম পূম্নমক নুংঙাইরে,
পুকচেল খোইজেল লিংজেন
তিন্ননা পানম্নিন্নরসি, ঐখোয়স্থু।
মঙ্গল মঙ্গল জয় মঙ্গল অহানবা।

ড্রোপ।

# শাগী সভা

লীলাদা য়াওগদবা শা

(১) লোংশা, (২) কৈ,
(৩) ষণ, (৪) হামেং,
(৫) লমছই, (৬) ঈরোই,
(৭) ছই, (৮) হোদোং,
(৯) জিঃ পিঃ য়োং

অসিন চংবা শা পূমনমক বন্দা মরুপ শান্নথুনা লৈরমই। মথোয়গী কনফরেন্স অমা ফম্বা মুমিংনি।

# অহানবা উৎপা

**মফম**—অশোংব উমং।

**মতম**—মুমিদাংবাইরম পুং ৪ রোম তাবা।

**মরম**—নোংশানা শাগী নিংথৌ ওই, কৈনা মন্ত্রীনি, লমহুইনা সেক্রেটরী ওইরি। শা পূম্নমক ঙমনা লৈরে। নোংশানা অকোনবদা চংলকই। ময়াইদা লৈতোং অমসু লৈরি। নোংশা চংলকপা উবদা শা ময়ামনা খুরুমই। নোংশা চংহনা লৈতোংদা ফমই।

কৈ (হৌগত্তুনা)—ঙসিগী জেনেরেল মিটিং অসিগীদমক শ্রীযুৎ নোংশা নিংথৌবু সভাপতিগী আসন লৌবিনবা হোদোকচৈ।

লমহুই—ঐ সেকেণ্ড তৌজরে।

( ময়াম খুবাক খুই )

নোংশা ( হৌগৎতুনা )—ঙসিগী সভা অসিগী সভাপতি ওইজো তাকপিবা অসি ঐগী ইরাইবক ফবনি। মতিক চারবস্তু চান্দ্রবস্তু আসন লৌজরে।

( ময়াম খুবাক খুই )

ঙসিগী সভা অসিগী উদ্দেশ্য, তৌগদবা মরম, পাংথোক্কদবা থৌরম খরা হোদোকপিনবা হৈ-শিংলবা সেক্রেটরী লমহুইবু কৌজরি।

লমহুই ( থোরকই )—অদুগা হায়রকই—

ইকাই খুমনবগী মশক ওইরবা সভাপতি অমসুং মরুপ শা

পূমনমক্কী মফমদা ঐনা নোল্লুকনা হায়জরি, মরমদি শা ঐখোয়না তৌগদবা অমস্তুং পাংথোক্কদবা হায়ববু তাইবং মীওইবা অসিবু করমনা মাইথিবা পীগনি ? মসিগী মরমদা করম করম্বা লৌশিংনা মীওইববু ঐখোয়না খুদুম চনবা ঙমগদগে অসিতনি খন্নগদবা ।

ষণ—মরুপনদি মীওইববু মাইথিবা পীসি হায়রি অদু ওই-থোক্তবনি। মরমদি মী হায়বা অসি জীব পূমনমক্তগী অগোইবনি। মখোয়না শা, ঙা, উচেক ব্রায়া পূমনমক জয় তৌরিবনি। মদুবু করম্না ঐখোয়না ঙমগনি ?

কৈ ( ঙংদুনা )—করিগী ঙমদনি, মীওইবা অসিদি ঐখোয়না চাদুনতা লাকলিবনি, ইচিঞ্জাকনি। লম হেক হেল্লকপদা মকোক্তগী মখোং ফাওবা প্রোক প্রোক শাইদেক্কদবনি।

হামেং — মহাশয় মন্ত্রীখোয়দি নপাঙ্গল কনবনিনা চাউ-থোকপিরি। মখোয় জীব মচা পাঙ্গল শোনবদি তাইবং মীগী য়েঙ্খাংগী সপ্লাই ওইদুনা তোকলে। দুর্গা পূজা লাকলবদি হামেং ঐখোয়গীদি থোইনা দশা তারে।

ঈরোই—চুমই মরুপ হামেংনা হায়বা ঐস্থু য়ানিংই। দুর্গা পূজা লাকলবদি অচৌবা ঈরোই ঐখোয় ফাওবা থক-থক নিকলিবনি বলিগীদমক খল্লুবদা।

হুই—মহুগী থোঙনা ৱানিংঙাই লৈতে। মহু লৌশিং ৱাংপদগী তৌবনি। মপুনিংবা শাশিন্নরহুনা থৱাই হিংননবা হোৎনবনা শা ঐখোয়গী অথোইবা ধর্ম্মনি, নত্রবদি য়াইবী থৱাই মাংগেদনি। অহুনা ঐখোয় হুইদি মপুনা য়াননবা হোৎনজরিবনি।

হৌদোং—চুমই মরুপ হুইনা হায়বা ঐখোয় হৌদোংস্থ মরুপকী লৌশিং অহু পাইহুনা লৈরিবনি। পাওরৌ অমদা "হৌদোং ভক্তি য়োং সেবা" হায়নরিবনি। অহুনা হৌদোং ঐখোয়না তাৎ তৌহুনা তাইবং মীগী ময়ুমদা লৈবা ঙমলিবনি শঙ্গোমদা থকতুনা।

য়োংজাও—চুমই মরুপ হৌদোংনা হায়বা, ঐখোয় য়োংস্থ মীওইববু মাইথিবা পীগে হোৎনরিবনি। য়োংগী মতিক ময়াইদি হায়হুনা কান্নদে রামায়ণদা ইরিবা অহুনি। অচৌ-অচৌবা য়োং কয়া লৈরিবনি। মীনা ঐখোয়বু লাকচবা য়াদে, ঐখোয়গী তাৎকী মমাংদা কৱম্বা মীনা কিরোইদগে ?

নোংশা—ঐনা পূমনমক খংলে, অহুনা হৌজিক শা পূমনমক নশা নশাগী নতিক-নয়াই তৌবা ঙম্বা পূমনমক ঐগী ইমাংদা পোংনবিয়ু মহু উরগা ঐ বিচার তৌগে।

কৈ—ইবুংঙো শাগী নিংথৌনা হান্না পোংবিয়ু ।

নোংশা—ফৈ অদুদি তারো শা পূমনমক নোংশা ঐনা ঙম্বা শক্তিদি ঐনা লাককে হায়না নিংলবা জীব অদু অমুক্তং চোংশিনখিবদা মঙক্লা লাক্কদবনি । লুশম চিকখাইদুনা ঈ চুপকদবনি । ঐগী থৌরবা খুবাংগী খুজিন্না মথবাক শেগাইদুনা ঈ খৌবুম থম্না থক্কনি । খঙজো ঐদি সত্য নৈবা শানি, অদুনা শাগী নিংথৌ ওইরিবনি । অমুক চোংশিনখিবদা শোংরবদি জীব অদু অমুক হন্না তানবিদ্রে খঙউ ইনাইশা । নখোয় শাদি থমবু থমখো লৌশিং চাওরবা তাইবংমী ফাওবা, ঐনা অমুক্তং ঙংবদা মখুত্তগী নোংমৈ তাখিবা খঙহৌদে । মথৱাই পানদবা মূর্ত্তিগুম্না লেপ্তুনা নৈরিবনি । মতম অদুদা ঐনা চোংশিন্দুনা মথৱাই লৌরিবনি খঙউ ।

কৈ—তানিংদে নোংশা নংদরা নতিক নয়াই নৈবা । কৈ ঐ নৈরি কাওব্রা ? কৈবু তমথিবা শা হায়রিবা করি-গীনো ? চেল্লবা জীব ফাওবা ফংদ্রিফাও তান্নদুনা মথৱাই লৌবা ঙম্বা কৈনি । ঐদা নত্তনা ঐগী শাগৈ কবোকৈ, কৈশাল, কৈজেংলাং, মোইরাং শাথিবী, হৌদোং ফাওবা মমিং চৎলিবনি শারাক্তা । নোংশা নিংথৌ

নংনা নরাইবক ফবদগী শাগী নিংথৌ ওইজবনি। খঙউ ঐগী ইতিক-ইগুণ চাওথোক্নু ঐগী ইমাংদা চাং তাহুনা তোক্কনি।

ইরোই—কান্নরোই কৈজাও নংনা ঐগী ইমাংদা করি তৌজবা ঙমগনি? নপাঙ্গলদা নংনা হেনগদ্রা? নংগী পিকলবা নয়ানা ইরোই মউন্দা করি তৌজরনি? নংগী পিকলবা খুজিন্না ঐগী ইথবাক শেগাইবা ওইথোক্কবনি। ঐগী চিরেল য়াইওইবগী মমাংদা নংনা কৈদৌবা ঙমগনি? ইচি অথৌবা অসিনা নথবাক্তা ঈমুগী ফিরাক খাইয়ুরা? (মচি উৎতুনা ধমকা তৌবা) তাজৌ ইরোই ঐনা ঙম্বদি পোৎ পুবা, চিংবগী জাত্তা উ বীম, বীমনচিংবা ঙমলিবনি, গাড়ীচিংবা, লৌখোইবা অসিদগী হেন্দোকতুনা ইরোই ঐখোয়গী গুণনা চাউববু হিংচাবশিংনা ঐখোয়গী ইতেং লৌহুনা মহিষাসুর ইরোই হিংচাবা ওন্দুনা দুর্গা দেবীগা লাল শোক্নবা ঙম্বা ইরোইগী কাংলুপনি। খঙদ্রা যমরাজগী শাদোংনি।

ষণজাও—তানিংদে ইরোই লুরাউবা নংতনা নচি পানব্রা? ঐদি পানদ্রবরা? ৱাইনবগী মনুংদা মমিং চৎলবা ষণদমবনি, ঐদি! ঐগী ইমাংদা কনা কনা খাংখিবা য়াওবগে? পাণ্ডুগী মচা ভীম ফাওবা চেনখিবা নত্রা?

মহাদেবগী শাদোং ওইরিবনি। অতিরথী মহারথীগী বিজয় থ্বনা ফংলবা যণদম্বা ঐনি। অকনবা মঙাগী মন্নুংদা ঐস্থু অমনি। তাজৌ হায়বিগে অকনবা মঙা অহুদি মহাদেবগী যণদম্বা ঐ অমা, পাতালগী বলি মহারাজ কিষ্কিন্ধ্যাগী বালি মহারাজ, রামচন্দ্রগী মনাই হনুমান, বিষ্ণুগী শাদোং উচেক গরুড় ঐখোয় মঙা অসিদনি লম্বা লৈতবা। নংগুম্বা ইরোই মচা অমনা ঐগী ইমাংদা খোঁশাবা শারি। হাঃ হাঃ হাঃ (নোকপা) লমহেনগনু ইরোই লুৰাউবা নথৰাই মাংহুনা তোকনি।

লমহুই—ৰাশিং অসি তানিংদ্রেদা লমহুই ঐ হায়বিগে তাজৌ "তাকতসে অকল বড়ী হৈ।" পাঙ্গলদগী লৌশিংনা অথোইবনি হায়বা খঙউ। বুদ্ধু যণনা করি তৌজবা ঙমগনি। অপংবদা যণ হায়নরিবনি। হাঃ হাঃ হাঃ লৌশিংগী মমাংদা পাঙ্গলনা কৈদৌনি। ৰা য়াম্না ঙাংহুনা কান্নদে, থবক পাইরগা খঙগনি। লৌশিংগী মন্নুংদা লমহুই লৌশিং হায়নরিবনি। কাওগনু লমহুই লৌশিং করম্বা নোংশা-কৈনা, করম্বা যণ-ইরোইনা লমহুই হাৎখি তাত্রা? ৰারী পুথোকপা ঙমলবদি, হৌজিকমক নথোয় খ্বায়গী নমাংদা ইথৰাই অসি কৎথোকপিগে? পুথোরকউ ৰারী করম্বা লাইরিক লাইশুদা য়াওবগে? খঙদ্রা মদু, ননা তাদ্রা লমহুইগী লৌশিং ৰারী।

হুই—তানিংদে লমহুই থিবোংজাও! নথৌনা নরৌশিং লৈতদুনা মীওইবগী মনাক্তা লৈবা ঙমদদুনা লমলক্তা লৈহৌবা, কাপুরুষ, লমদা লৈবা লমহুই! নংনা ঐঙোন্দগী লৌশিং হেল্লি হায়গেরা? তাজো, হুই ঐনা ঙম্বদি লৌশিং চাওরবা মীওইবগী মনাক্তা তাৎ তৌদুনা চংলগা অথুম-অহাও, মিঠাঈ, সন্দেশ, লড়ু, বেরা, চাক-য়েঙ্খাং, ঙা চাথোকপা ঙমবনি। লমহাংদা তুম্বগী মহুত্তা তেরা মোম্পাক্তা তুম্বা ঙম্বনি। নোংজু-নুংশা মরক্তা লৈবদগী ফুরা দালান্দা লৈবা ঙম্বনি। তাইবং চিঞ্জাক অহাওবা চারিবা ঐবু অপূম্বা চাবা নংনা হেল্লি হায়গেরা? অপংবা লমদা লৈবা লমহুই। চিরুবদা নংনা হেনগদ্রা? তুমিন লৈয়ু তানিংদে।

হৌদোং—তুমিন লৈয়ু হুইথিবোং নংগুম্বনা ঐবু হেনগদ্রা? নংতনা মিঠাঈ সন্দেশ চাব্রা? ঐদি চাদব্রা? নংনা ফুরা দালান্দা লৈবদি হুইবু মাংদবা জাৎকী মনুংদা চাওথোকচবনি। হিন্দু, বৈষ্ণব ধর্ম্মদদি নংদি নশক উবদা মাংলিবনি। ফমুংদা তুমহনবদি থম্মু থমখো, মনিং-ময়াদা, য়েনখা-য়েনখুন্দা তাংদুনা লৈবা শানি নংদি। হায়বিগে তাজো হৌদোং! ঐদি জাৎ-অজাৎ খাইদনা শেংলবনি শেংলবা। ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব চারী জাৎ খাক্তনা

শেংলবনি, চাল্লবনি। নিংথম থাগী মতমদা শুইথিবোং নংনা মপান্দা থক-থক নিকতুনা লৈবা মতমদা, নবুংঙো ঐদি, ইবুংঙোগী ফৈজুপ মন্নুংদা বুঃ বুঃ বুঃ লাওনা নাখোকতুনা, নুংঙাইনা তুমদুনা লৈরিবনি। নংদি মীনাই মীনাইনি, মপান্দা শুরানবা শংননবা অরৈবা মীনাইনি। নবুংঙো ঐদি মদু নত্তে। মপুনা ঐবু উচিগীদমক লুনা তৌদুনা মমল য়াওদনা লোইবনি, অরৈবা মীনাই নত্তে। মপুমকনি, মপুনা চাগদবা অথুম-অহাও, চাক-য়েঙ্খাং ঐনা হান্না মহাও তংবনি খঙজৌ; শুইথিবোং।

হামেং—তুমিন লৈয়ু, অমঙ্গল হৌদোং হোরৎ কল্লক পেন্দবা! মনা চামনিপাল চাবা হামেং ঐবু নংনা হেল্লি হায়রিব্রা? ৱাইনগে তৌবতদা মী ঙকহনবা। ঐগী অমাংবদি কবিরাজগী গুলিগুম ফাইবনি। করম্বা শা-ঙানা অমাংববু গুলিগুম্না মচা তানা ফাইবা ঙম্বগে? ভূগতি ফহনবা ঐগী মগুণ লৈরবা অমাংবনি। মাইবশিংনা থাগৎনরবা ঐগী অমাংববু, হৌদোংমথি নংনা হেল্লি হায়গেরা? হৌদোং মথী উৎনা কুপ্পা। ঐগী ইখোমনা অঙাং য়োকপগী অথোইবা হিদাকনি। ভিটামিন "এ" য়াওরবা ঐগী ইখোমনি। যণগী মখোমদগী মমল য়াম্বনি। ইতুনা শামতুগী মমল য়াম্না য়াম্লবা শাল, ইম্নক্তী শাবনি। ইউম্না

মখোল নুংশিরবা পুং, তবলা তিংলিবনি ; *মহাদেবগী দমরু হামেং ঐগী ইঊননি। মৈতে পেনা তিংলিবনি! অঙম্বা চীংমাইদা খোঁশাবদা ঐগী ইপা কনা লৈবগে? নংগুম্বা উচিনা চিঞ্জাক ওইবা, মঙ্গল লৈতবা, মুমিৎ খুদিং চৈজা নম্বোনবা নংনা, হামেং ঐবু হেনবদি ওইথোক্কবনি।

য়োংজাও—(নোকপা, জগোই শাবা) হাঃ হাঃ হাঃ মুংঙাইদা হামেং কোইজোম্বা, নকোই ফোইউরা? করি নংনা হায়ববো? নংনা অথোইবনি হায়রিবা। নোক্লিংবা ব্রানি। ওহঃ ওহঃ ওহঃ য়োংজাওগী মনুংদা অথোইবা য়োংনি ঐদি। কলি যুগকী ফিল্মগী অবতারনি। ঐগী ইমিং জিঃ পিঃ কৌবা য়োংজাও অদু, গোরিলা শাগৈনি। নোংপোক নোংচুপ ফাওরবা পৃথিবীদা ইপা লৈত্রবা য়োংনি ঐহাক্তি। মীমক্না ঐঙোন্দা লাইরিক-লাইশু তমনরবা ধর্ম্ম গুরু য়োংনি। মমল নাইদ্রবা য়োংনি। নখোয়না খৌরাংনা ঙাইনরিবা ফিল্ম ষ্টারশিং অদুগা মুমিৎ খুদিংগী য়াওনদুনা লৈরবা য়োংজাওনি ঐদি। অদুদগী হেন্দোকতুনা “ইন্সানিয়ততা” অঙাংগী মথব্রাই কনবিগ্রবা মহাত্মা উপাধি ফংলবা য়োংজাও ঐবু নখোয়গুম্বা করিসু লৈত্রবা শাশিংনা হেল্লি হায়খিগেরা? করম্বা

শানা মীগী মথৱাই কনখিবা য়াওবগে ? জিঃ পিঃ ঐ নত্তনা ! হাঃ হাঃ হাঃ (নোকপা)। মতম অসিদা শা পূন্নমক হৱাওদুনা মাগী মাগী মখোন্না খোংদুনা চোংদুনা লৈরি। খুদক্তা শিকারী চৎপা সাহেব অমগা মেম অমগা মখুত্তা নোংমৈ অমমম পাইদুনা চংলকই। শা ময়াম উবদা লোন্না চংশিল্লকলগা নোংমৈ কাপলক্লে। মতু শোনবা শা, হৌদোং, লমহুই, হুই, হামেং অসিনচিংবা খৱ শিখ্রে। মপাঙ্গল কনবা শা পূক্নমক জঙ্গলদা চেনশিনখ্রে।

## দ্রোপ ( লোইরে )

**ডিরেকস্সন (তাক্কদবা মরম)** — ওঝাশিংনা দ্রামা মচা "শাগী সভা" মসি তম্বাবা মতমদা দ্রামাগী আর্ট-একটিং চুম্না তম্বীগনি। অদুগা ভুল্লবদি মানা মানা লৌরিবা পার্ট শা অদুগী মখোল খোংবা তম্বীগনি। মেক-অপকী মৱমদা মানা মানা শারিবা শা অদুগী মকোক শারগা নত্রগা চেদা য়েক্তুনা মকোক্তা উপশিল্লগা দ্রামা মচা অসি শান্নহনগনি। মসি অঙাংশিংনা য়াম্না পামজে। খৃঃ ১৯৬১ গী ইম্ফাল বিঃ টিঃ আইঃ গী "বেসিক উইক" (বেসিক চয়োলদা) প্রাক-টিসশিং স্কুলগী অঙাংশিংনা উৎখ্রে।

---

# লাই সভা

ড্রামাদা চংগদবা মীকোক ( লাই শাবা )

## নিপা

(১) গুরুসিদবা তাইবং মপু অপোকপা , (পুরুষ)

(২) অতিয়াশিদবা, (আকাশ)

(৩) নুংশিৎ নিংথৌ, (নুংশিৎ)

(৪) মৈ নিংথৌ. (মৈ)

(৫) ঈরিক লাই , (ঈশিং)

(৬) কোরৌহনবা, (নুমিৎ)

(৭) থাজ পাখংবা, (থা)

## নুপী

(১) লৈমরেল। (মহৌশা কৌবী লাইরেম্মা)

(২) মালেম লৈমা। (লৈপাক লৈমা)

# অহানবা উৎপা

**গুরু**—(খল্লি) কনাস্ত কব্রিস্তু লৈত্রবা মফম অসিদা ইতোম্মতা লৈবা নুংঙাইরকত্রে! অদুনদি "থবাই মি মঙা" পুথোকনগে। অদুদি করম্মা ইতোমতনা পুথোকনি। লৈবে ঐগী হকচাংদগী তাইবং মমা পুথোক্কবা য়াদে। অদুনা ঐগী ওইথংবা শরুক অসি .শেগাইরগা ওইগী লমদাং অমা শেম্লগে।

( অসি হায়রগা মখুৎ অনিনা মথবাক ময়াইদা পাইরগা ওইথংবা মখুৎ তিংথোক্লুনা 'য়েং' হায়না লাওরকই। মতম অসিদা ওইথংবা মাইকৈদগী নুপী অমা চোংথোরকই, চংলক্লুনা, গুরুবু খুরুমই )।

লৈমরেল—

করিনো ইবুংঙো, ইবুংঙোগী হকচাং
ওইদগী ননাইবু শেম্বীবা করিগীনো?
ননাইগী কোলোয় ঙাকপিরো
করি মরম লৈদুনা শেম্বীবগে?

গুরু—

ইবেম্মা নংগী কোলোয় নমিংদি
লৈমরেল শিদবী কোলোয় মিংথৈরগে।
ঐনা তাইবংপান শেম্লগে নিংলে,

তাইবং মমা ওইহনগে হায়দুনা
ঐগী ওইথংবা হকচাংদগী পুথোকপনি।
ঐগী য়েৎথংবা শরুকনা পন্থৌ শকলবনি তাইবংগী,
ঐগী ওইথংবা শরুকনা পলেম শল্লবনি তাইবংগী,
ঐ, নং ঐখোয় অনিনা তাইবং জাবদা চংদুনা
তাইবংপান লীলা শান্নরসি হৌজিকমক
নচা মঙা পুথোকসি নংগা ঐগা চংদুনা।

লৈমরেল—করম্বা ইচা পোকচৌ হায়বগে, ইবুংঙোগী থৌজাল তাকপিরো।

গুরু—অহানবদা অতিয়াশিদবা, অনিশুবদা নুংশিৎ নিংথৌ, অহুমশুবদা মৈ নিংথৌ, মরিশুবদা ঈরিক লাই (ঈশিং), মঙাশুবদা নংগী নহুৎশিনবী মালেম (পৃথিবী) অসি হান্না পোক্কদবনি, খঙলেদনা পেম্মা।

লৈমরেল—ইবুংঙোগী থৌজাল কুবিয়ু।

গুরু—অদুদি ৰা অমগা তারো ইবেম্মা, তাইবং লীলা নং ঐ চংদুনা ইচা মঙাগী য়াইবী থৰাই ওইদুনা শান্নগদবা তাইবংপানগী অথুপ্পা লীলানি। পন্থৌগী শরুক মথৈনা ঐনা শাইওন ওইগনি, পলেমগী শরুকমথৈনা নংনা শাইওন ওইগনি।

লৈমরেল—ইবুংঙোগী য়াথং অথোইবা ননাইনা লেপ্পা ঙাকচনি,

পীনবিরো ইপারী, ইমোম মঙামক, নখোং থম্বালদা খুরুমজৈ।

( মখোং শোকনা খুরুম্বা, গুরুনা মখুৎয়েৎনা মকোকতা নাম্থবিবা অদুগা হায়রকই )।

গুরু—চৎলো চৎলো ইবেম্মা, পোত্থাজরুরো।

লৈমরেল—( ৱাঙাংদনা থোকখিবা )।

গুরু—অতিয়া পারী অতিয়া !

অতিয়া—(থোরকপা) লাইনিংথৌ অপোকপা (খুরুমই)।

গুরু—নুশিৎ নিংথৌ !

নুংশিৎ—(থোরকপা) লাইনিংথৌ অপোকপা (খুরুমই)।

গুরু—মৈ নিংথৌ !

মৈ—(থোরকপা) গুরু শিদবা লাইনিংথৌ (খুরুমই)।

গুরু—ঈরিকলাই !

ঈশিং—(থোরকপা) গুরু শিদবা লাইনিংথৌ অপোকপা (খুরুমই)।

গুরু—ইমোম ইবেম্মা !

মালেম—(থোরকপা) লাইনিংথৌ অপোকপা তাইবংমপু ! (খুরুমই)

গুরু—তারো পারী ইমোম পূম্নমক, ঙসি নখোয় ময়ামগী মকমদা ইপা ৱা অমা হায়রমগে—ইপা তাইবং শেমগে

খল্লে, অদুনা নখোয়বু পুখোকপনি। মতিক চাবা ইচাদা তাইবং শিন্থা শিন্নরমগে।

অতিয়া—তাকপিশি ননাই নচা ঐখোয়দা
করম্বা মতিক ময়াই লৈববু
তাইবং শিন্থা পীবিগনি ?

গুরু মদুগী মরমদা ইপা ৰাহং খরা হংগে—
নখোয়গী নৰাহৈ পাওখুম তারগা
পাইমা ৰাখল তৌখিনি ইপানা।
নপুকনুংগী অথুপ্পা চাং য়েংখিগনি।

নুংশিৎ তাকপিরো লাইনিংথৌ অশুম্বা অফুনবা,
তোল্লবা নপারী নমোম ঐখোয়দা।

গুরুশিদবা—ফরে অদুদি ইচাশা, খাইচংনা তারো,
ইপা ৰা হংলগে অতিয়া নং কনানো ?

অতিয়া—ননাইদি অহাংবনি, শিনবা থুংনা লৈবনি
গুরুগী পিবুকনুংগী ৰাখন্দগী পোকপনি,
পম্থোগী নপারী অহল অতিয়ানি,
য়াৰা খোঞ্জেন্না শকথোং ওইনা ঙানবনি।

গুরু—নংদি পোকপা শিবা নাইবরা?

অতিয়া—ননাইদি পোকপা শিবা নাইদে।

গুরু – অদুদি ঙসিদগী হৌরদুনা
নংগী কোলোয় নমিংদি
অতিয়া শিদবা কৌবিরগে।

অতিয়া—অপোকপা পম্থোগী থৌজালনি,
নপারীনা লৌজরে ( ফিগাও শাবা )।

গুরু—পারী য়াইমবা মুংশিৎ নংদি কনানো ?

মুংশিৎ—ননাইদি লৈ হায়বদি খঙবা, উবদি উদবা
গুরুগী থৌজালদগী ইয়াম্বুং অতিয়াদগী
চোংথোরকপা নপারী য়াইমা মুংশিৎনি,
গুরুগী হোন্দোরকপা চিংশিনবা নিংশানি,
য়াব্রা খোঙ্গেম্মা ননাইগী ইতিকনি,
শোকপা পনবনা ননাইগী ইয়াইনি,
অনি অসিনা চেংলৌ শকথোং
ওইবনা নপারী নচাগী উঙমনি।

গুরু ব্রারম অথুপ্পা অসিদি কনাদা হংলুই ?
কনানা নঙোন্দা ব্রারম অসি ত়াকপিরকই ?
নংব্র তম্বীরকপা ওজা গুরু কনানো ?

মুংশিৎ—ব্রারম অসি ইয়াম্বা শকলবা অতিয়া
পলেম শকপী লৈমরেল শিদব্রী

গুরুগী মতিক খঙলবা অনিমকনা
ননাই তোল্লবা নচাদা তাকপিরকই।
গুরু—মুংঙাইরে ইবুংঙো গুরু মশক খঙলেদো,
মুংশিং পূন্নমক্কী মথক্তা ৱায়েল থৌদানবা,
মুংশিং নিংথৌ হায়বা মিংথৈ অসি পীরবনি
ঙসিদগী নহাক্কী কোলোয় অমনা য়াংগোই নিংথৌ
কৌরগে ইপানা ; নং অদুক পোৎখাখো।
মুংশিং—য়ামনা ফগনি তাইবং মপু অথোইবা।
গুরু—তারিত্রা পারী মৈত্রেং অরাবা। নংদি কনানো ?
কনাদগী পোকপনো ?
মৈ—ননাই নচাদি গুরুগী থৌজান্না
মুংশিং কৌবা ইয়াম্বদগী চোংথোরকপা নচানি।
য়াবা খোঞ্জেন লোইনবা ঐগী শাইগুন অহানবনি,
অশোক অপনবা পীবনা ঐগী শাইগুন অনিনি,
মশক মজৌ ওইহুনা মওং লেপ্পনা অহুমশুবা শাইওন্নি।
ইতিক ইয়াই ইঙম পূমনমক গুরুগী থৌজান্না ফংবনি।
গুরু—মুংঙাইরে মৈত্রেং অরাবা, নংগী নতিক নয়াই
নঙম মশক ঙমনা খঙলে হৌজিক্তি।
খাম্বী হায়বা কোলোয় অমসু ইপানা পীরগে,
মৈত্রেং হায়বা মিংথোল অমসু ইপান্না শিরগে।

অরাবা হায়বা মিংখৈ অমসু ইপানা তাকপিগে,
মৈ নিংথৌ ফমথোল হাপ্তুনা তাইবং শিন্থা পীরনি।

মৈ—পন্থৌ ইপা ইবুংঙো য়াথং অথোইবা
চরৈ ফিগাও শানা য়াজরি (ফিগাও শানা য়াবা)।

গুরু—তারিব্রা ঈরিকলাই!

ঈশিং—করি ওইরবনো লাইনিংথৌ।

গুরু—নং কনানো? নতিক নয়াই নঙম করি করিনো?

ঈশিং—ননাইদি গুরু অপোকপগী থৌজান্না
য়াম্বা মৈত্রেংগী শেগাদগী শাইওনজবা নচানি।
তাইবং ঈখৌরাং কোকনবা শাইওনজবা মহিনি।
ননাইগী ইতিক অমনা য়াৱা খোঞ্জেল ওইবনি,
নচাগী ইয়াই অমনা শোকপা পনবা পীবনি,
ননাইগী ইঙম অমনা মওং মতৌ লেপ্পনি,
নপারী ইথৌ অমনা মহাও মশক পীবনি।

গুরু—নুংঙাইরে পারী ইবুংঙো মওং নাইদবা,
লৈরু লৈরুবা মফমদা নংগী শকওং লেপসনু,
শাইওন পুবা ঙমজরো, নমিং তরেৎনা লৈতেংজো;
লাইঙ্জা ঈরিকলাই হায়না কোলোয় মিংথৈরগে।
অহানবা কোলোয় নমিংনা মনিলগী মশক লৌজরো।

অনিশুবা শকলোন অমনা অপাইবা লৈচিন ওইজরো।
অহুমশুবা শকতম অমনা অমংবা নোং ওইরকউ।
মরিশুবা মওংনা লাইজ তম্না ওল্লকউ।
মঙাশুবা শকতম অমনা উনগী মপৈ ওইসনু।
তরুকশুবা হকচাংনা লেনগী মশক ওইসনু।
তরেৎশুবা কয়াৎনা ঈশিং মহী ওইজরো।
তাইবং জীব পানবগী ঈগী মশক ওইসনু।

ঈশিং—গুরুগী থৌজাল মতুংইন্না ননাই নচানা চরৈ ফিগাও শাদুনা মিংখৈ তরেৎ লৌজরগে।
( ফিগাও শানা য়াবা )।

গুরু—তাঁরিব্রা ইমোম ইবেম্মা !

মালেম—করি ওইরবনো পস্থৌ অপোকপা !
তাইবং মপু অথোইবা অমাং-অতা লৈতবা।
অচৎ-চত্ত অপূম্বা পস্থৌ ইপানা মহেল্লি।
নুমিৎ থা থব্রানমিচাক অপূম্বা
পস্থৌ ইপাগী মপান নাইদবা হকচাংনি।
নুমিৎ থা অনিনা পস্থৌ ইপাগী মিৎস্নানি,
পস্থৌ ইপাগী নখোং খুয়ারেল
থম্বাল লৈঙাং লৈকা মানবদা
পাইমা লৌশিং থেল্লবী নমোমনা
হন্না হন্না খুরুমজৈ।

গুরু—মুংঙাইদা ইমোম ইবেম্মা,
ইমোমগী নৱাহৈ তাবদা,
পম্থৌ পেনবা লোইরেদো।
ৱাখল চংখোনবী ইমোমনি,
খোৌগল-লোন খঙলবী ইচানি,
পলেম খোনবী ইমোমনি,
পম্থৌ খঙলবী লৈমনি,
ইমোম ইবেম্মা মালেম লৈমা,
লৈমরেল নমাগী খুবমদি,
নংনা ফংবা মতিক চারে।
লৈমলক্তগী অপোইবী,
তাইবং মমা ওইবদা
মতিক মঙম লৈরনি।
পম্থৌনা কোলোয় মিংখৈগে ;
মালেম লৈমা কৌরগে।
ঙসি কোরৌ নুমিত্তা
তাইবং মমা হাপলগে।
হায়য়ুদনা নতিক নয়াইদো
মালেম—পম্থৌ ইপা অপোকপা।
নমোম লাইবক থিবীবু

তাইবং মমা হাপ্পিবা
করি ইতিক লৈদ্রুনা
করি ইয়াই লৈদ্রুনা
করি ইঙম লৈদ্রুনা
ইতিক ইপা চাদনা
তাইবং মমা ওইগনি ?
ঙমজরোই পদ্মৌ অপোকপা
থৌজানবিয়ু তাইবং শিদবা।
গুরু—কান্নরোই ইমোম ইবেম্মা,
ইপা ৱাহং পাওহংগে।
মালেম—তাকপিরো তাইবং শিদবা।
গুরু—তারো ইমোম ইবেম্মা,
নংদি তাইবং মমা ওইরনি।
তাইবং পানবা কদাইবু কৌবগে ?
নংগী নতিক নয়াইস্থ তারশিদনা।
মালেম—অতিয়া, নুংশিৎ, মৈ, ঈশিং, মালেম
পারী নচা মরিগা নমোম ঐহাক্না,
পূন্নমক্কী মথক্তা পদ্মৌ ইপা ইবুংঙো,
পলেম ইমা লৈমরেলগা
অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা

জীব পানবা পূন্নমক
অপোক-অশি নাইহন্দুনা
পাল্লি হায়বগীদমক তাইবংপান কৌবনি।

গুরু—নংগী নতিক নয়াইদি ?

মালেম—ননাইগী ইঁতিক ইয়াইদি
পন্থোগী থৌজাল অচৌবা,
ইবুং ঈরিক লাইগী শেগাদগী
মালেম ওইনা থোকপনি
ইতিক, ইয়াই, ইঙম, মঙানি।
য়াৱা খোঞ্জেল য়াওরেদো,
মশক মওং লেপলেদো,
শোকপা পনবা ঙমলেদো
মহাও মশক খঙলেদো ;
মহিগী মশক য়াওরেদো।

গুরু—মুংঙাইরে ইমোম ইবেম্মা
অমতা পোকপী থাদোই,
নবুং মরিগী মরক্তা,
নিঙোল অমতং য়াওবদি,
তাইবং মমা ওইবদা
মতিক চারে ইমোমদি

গুণ মঙানা লৈতেংলে,
ইপাগী ইবেম্মা লাংলেনহল
ৰাংলেন পুংখাই মরুমদং
অৰা পোথোকনরুখো।

মালেম—য়াম্না ফগনি ইপা ইবুংঙো অপোকপা!

গুরু—তারিব্রা? পারী অতোনবা কৌরৌহনবা!

নুমিৎ—(থোরকপা) পস্থৌ অপোকপা, করম্বা য়াথং অথোইবা?

গুরু—নুংঙাইদা পারী অঙানবা,
.কোরৌ থক্তা ঙান কোরৌহন,
তাইবং অমমবা কোকহনবা,
মালেম অঙানবা পারীতোন,
ইপানা নতিক নয়াই খর খংগেদো।

নুমিৎ—তাকপিসি তাইবংপোকপা মপু
অমাং অতা লৈতবা হৌরকফম লোইফম খঙদবা।
হৌরকফমসু নহাক্নি, পোলোইসু নহাকনি,
ননাই অপংবা নচাদা স্না য়াথং তাকপিসি,
নচানা চরৈ ফিগাও শানা য়াজরি।

গুরু—নুংঙাইদা পারী ইচাগী য়াৰা খোনফম তাবদা,
পারী খোইজংবা লৌশিং চাউবা ইচানি।

হায়য়ুদনা ইপাদা মালেম অঙানবা,
নংগী নপা কনানো ?

নুমিৎ—ননাইবু পোকপা ইপাদি তাইবং মপু গুরু শিদবনি,
ননাইনা গুরুগী য়েৎথংবা মিস্না থম্বালনি।
ননাইগী ইতিক ইয়াই লৈজদে,
গুরুগী মঙাল ফংতুনা তাইবং অঙানবা ওইবনি।
মৈ কৌবা লাইগা ননাই নুমিৎকা হকচাং তোংঙান্দে,
ননাইগী মিংথৈ পীনবিরো, গুরুগী থৌজাল ঙাইজরি।

গুরু—পারী ইচাগী কোলোয়
ঙসি কৌবা নুমিত্তগী
ইপানা মিংথৈরমলগে।
তাইবং মালেমগী অমমবা
কোকহল্লি হায়বগী মরমনা
ইচাগী কোলোয় অমনা
মালেম অঙানবা থোল্লগে।
কোরৌ থক্তা ঙানবদা
পারী ইচানা অহলনি
খঙননবা কোরৌহনবা কৌরগে।
মালেময়াই অসিদা কোইনা তম্না (চৎতনা) লৈ
হায়তুনা য়োইময়াই তাওদনবা কৌরগে।

তাইবং জীব খিবিকী,
মমিংকী মশক ওইবনি,
ইপানা নুমিৎ কৌরগে।
মঙাং, লুৱাং, খুমন, গুরু অহুমগী
শাইওন পুদুনা তাইবং অসিদা
অমাং অতা লৈতনা পানজরো ইচাদি।
মাগী মশক ওইরবা কুচুনা মহি ওইনা
চেন্দুনা নংগী হকচাং শাবনি
অতোপ্পা মিংথৈ অমনা মামহি মিংথোল পীরগে।
পাৱী লোইদাম থাজ অতোনবা।

থা—(থোৱকই) পম্বৌ অপোকপা ননাইবু কৌবিবা করম্বা য়াথং অথোইবা তাকপিগদবা লৈবগে? (খুরুমই)।

গুরু—পাৱী খোমদোন অতোনবা, ইপানা নংবু কৌবদি ৱাহং-পাওহং খরা হংগে কৌবনি।

থা—তাকপিসি শিদবা মপু।

গুরু—নংদি কনাগী মপাম্মা ঙানজবনো?
নশাগী কুচু লৈজবরা?

থা—ননাইদি ইশাগী ইতিক ইগুণ লৈজদে।
ইয়াম্বা কোরৌহনবা অঙানবনা
মাগী মঙান থাইবিদুনা ননাই নচানা ঙানজবনি।

গুরু—নুঙাইদা পারীতোন, খোমদোন অতোনবা,
মীনম্বা য়াওদবা নৱাহে খোঞ্জেল তাবদা, ইপা পেল্লে,
অহুবু ইপানা ৱা খরগা হংখিগে।
থা—তাকপিসি লাইনিংথৌ তাইবংপানবা মপু অথোইবা।
গুরু—নংদি নুমিৎ কয়ানিদা নমা ইবেম্মা মালেমগী থৌগল
মতিক চানা ফংই ?
থা—ননাই ইয়াম্বুং কোরৌহনবগী মতিকনা
পন্থৌ ইপাগী খুবম মালেমদা
নুমিৎ ৩০ নি হেক শুবদা ফম্বাল কোইবা লোইজে,
মস্থমনা মশীং থিবা ঙমদনা কোইজরি লাইনিংথৌ !
গুরু—নুংঙাইরে ইচাতোন, নৱাহৈনা খোৎপনে,
নপুকচেম্না মেংবনে ইপা ইপেন-পেল্লে।
ঙসি মথৈ নংগী নঙাল অহুবু জীব খিবিকনা
থাগৎনবা ওইসনু অমেংবা মঙালগী মনুংদা,
নংনা অথোইবা ওইসনু। ইচানা নোংম নোংমগী
চাউখৎলকপনা মপূং ফাবা নুমিৎতো থানিন কৌরগে।
থানিন তানখৎলকপা থাখাই অহুনা
নিম্মাং থাখাই কৌসনু।
নোংম নোংমগী নশা পিকথরকপা থাখাই অহুনা
নিন্দুং থাখাই মিংথৈরগে ইপানা,

পান্নী লোইদাম থাজ পাখংবা।
নুংঙাইরে ঙসিদি ইচাশিংগী পাওখুম তাবদা
হয়েং ইনুং ঙাল্লগা ইপাগী নাক্তা অমুক লাকখো,
ঙসিগী ময়াম তিম্নবদি অশাইদা অম্নম লোইরসি।
ময়াম—য়াইফরে, য়াইফরে, গুরু শিদবনা য়াইকরে।

---

## শিন চিংশিনবা।

# অনিশুবা উৎপা

**মতম—মুমিদাংবাইরম।**

**মফম—শিদবা উপাল মখোং।**

**মরম—গুরু শিদবা ফম্বালদা ফমদুনা লৈরি। লৈমহেলনা ওইদা খোৌগল্লি। মতম অসিদা লাইয়াম অমমম খোম্বকুনা গুরু অমস্তং মমা ইবেম্মবু খুরুমই। খুরুখুদক কুন্দুনা মথং লোম্নদুনা মরুলুকমা ফমদুন' লৈরি। গুরুনা বা ঙাংদনা মথুং য়েং তিংখোক্নুনা হৌগৎলু হায়না খুদম তৌরকই। ময়াম মহৈ মহৈ হৌগৎলি। গুরুনা হায়রকই।**

গুরু—ইচাশা নখোয় পূম্নমক নতিক নয়াই য়েংলগে। নখোয় নখোয়না ঙমজবা নতিক অচৌবা, নঙম অঙম্বা য়াব্রা খোঞ্জেলনা হাম্না ঐগী ইমাংদা ফোংদোকনরো। মাদু তারগা ইপানা তাইবংপানবা শিম্বা পীরগে। তাইবং নখুভা শিম্নগে। মথং মনাও কাইদনা ঙাংনরকলো হৌজিক।

অতিয়া—তাবিরো গুরুনচিংবা লাইয়াম পূমনমক,
ননাইদি মফম খুদিংদা শিনবা থুংনা লৈবনি,
পূম্নমকী চংজফম ওইরবা অপোকপা গুরুগী
কাহদোংফম ঐঙোন্দা ওইরিবনি।

য়াব্বা খোঙ্গেল হায়বা অসিনা ঐ জীবনি।
ঐ য়াওদনা কনাগুম্বা লাই অমতনা চাওখোকপা ঙমলোই।
গুরু শিদবা পম্থৌনা অতিয়া শিদবা মিংথৈ পীরবনি।
পূন্নমক্কা চাওথোকচবা ঐগী ইপান তাংবনি।
পূন্নমক ঐগী পুকন্নুংদগী পোকখিবনি।
নুংশিৎ—তাবিরো অপোকপা লাইনিংথৌ
ননাই নচানা ঙম্বা ইতিক ইয়াইদি,
তাইবং অপূম্বা মিৎকুপ্তা হুমদোকপা ঙম্বা
ননাই নচাগী ইতিকনি।
জীব পানবা খুদিংগী নিংশা থিংহনবা ঙম্বনি।
মালং নুংশিৎ অকনবা মখল মথেন পুখোকপা,
ননাই ঐগী শাইওন পুবা হকচাংনি।
নুংশিৎ ঐ য়াওদনা তাইবংপান করম্না হিংগনি ?
য়াম্নুং অতিয়ানা চাওথোকচবা ঐ লৈবগী মপান্ননি।
মৈ—ননাই নচাগী ইতিক ইয়াইদি
হায়জুনা কান্নদে ইপা লৈতবনি
মথক্তা মরোল তরেৎ মখাদা
মরোল মরোল তরা মরিদা
ঐগী লাম্বা কনা লৈবগে
মিৎনা কুপ্পদা উৎপুং ওইহনবা

ঙমলবা ননাইগী ইরৈ তরেৎনে।
খাম্বা ঙমদবা মবমনা
নচা মিংখৈ অমনা খাম্বীনে।
মৈ তরং ওইনবা ননাই ইয়াই।
লৈনা লৈনা উহনদবা ননাইগী হকচাংনি,
তাইবং মালং ঙালহনবা ননাইগী ইঙমনি।
ননাই ইয়াম্বুং নুংশিৎনা চাউথোকচবনি
ঐ ইপান তাংজবনি।

ঈশিং—ননাই ঐনা ঙমবদি, ইয়াম্বুং মৈনা ঙাওরকপা
ননাই ঐনা মুৎহনবা ঐগী ইতিক ইয়াইনি।
ঐগী শকলোন তরেৎনা ইয়াম্বগী মরৈ তরেৎ থৎপনি।
য়াম্বুং নাপল তৌজবা চাং তাদুনা তোকপনি।
তাইবং ঈশিং থুমদুনা য়াইবী মথৱাই লৌবদা
মৈনা করি তৌজবা ঙমগনি?
ঐগী শাইওন অমনা মনিলগী মশক ওইনা
মালেম লৈবাক নিকহনবা, কনাগী মতিক লৈবগে?
ঐগী শাইওন অমনা লৈচিন নোংফাই ওইবনি,
তাইবং মৈচাক হাপ্পনি, ঐগী শাইওন অমনা
অমংবা নোং ওইদুনা তাইবং জীব কুপ্পনি।
ঐগী শাইওন অমনা নোংগী মশক ওইদুনা

লাইজা ওইনা তাবনি। ঐগী শাইওন অমনা
মালেম লৈদা তারগা জীবগী ঈ পীবনি।
মতুগী মরমদা পম্ভো ইপানা ঈশিংগী
মিংথৈ পীবনি ঈশিং তরং ঐহাকনি।

গুরু—নুংঙাইরে পারী লাইজা মথংদা ইমোম ইবেম্মা
মালেম লৈমা নংগী নৱা তারসি।

মালেম—ইবুং মরিনা নৈরকপা, ইবুং মরিনা ওংলকপা,
নমোম ঐনা খাংবনি, লিংজেন কনবী নমোমনি,
অথাং কনবী নচানি, জীব লক্ষা মরিগী
মমা ওইবী ঐহাক্নি, ঐ ননঙন্দা চাউবনি।
গুণ মঙানা লৈতেংবী, থৌজাল হৈবী ঐহাক্নি।
পাপী খিবিক্লা নেৎলকপা অয়ো কৌবা হায়জদে,
মাই কৌবা খুমজদে, থাম্বী মৈশা লাংলকপা,
কোরৌ মৈশা য়ৈরকপা, ঙমদে কৌবা হায়জদে।
উনলেন কয়া খাংলকপা মালং কয়া য়ৈরকপা
শাওবা নাইদবী ঐহাকনি, ফত্তে কৌবা হায়জদে।
ইবুং মরিনা চাউথোকচবা ঐ লৈবগী চাউথোকপনি।

গুরু—নুংঙাইরে ইমোম ইবেম্মা, মালেম লৈমা অথোইবী!
নংদি তাইবং মমা ওইবদা মতিক চারে ইমোমদি। মথংদা
পারি মুমিৎ খোমদোন অঙানবা, নংগী নতিক নয়াইদি?

নুমিৎ—গুরুগী খুয়াখাদা নচা অঙানবনা খুরুমজে,
ননাইগী ইতিক ইয়াইদি য়াম্বুং মৈনা হেন্দেদো,
অমাং অতা লৈত্রবা ঐগী হকচাংনি তাইবংদা
য়াম্বুং মৈগী তুংনফম ঐনা শাইওন পুবনি।
তাইবং মৈশা পীবদি ননাই নচানা পীবনি!
চাবা তুমহনবা শক্তিদি ননাই ঐনা পীবনি।
তাইবং অঙানবা ঐহাকনি কোলোয় অঙানবা কৌবনি।
গুরু অহুমগী শাইওননি, মঙাং, লুৱাং, খুমন।
মালেম ইমানা চাউথোকচবা ঐ লৈবগী তৌবনি।
কোইবদি মচাবু ঙাকশেনবনি। নুমিৎ ৩৬৫ নিদা
ইমানা অমুক কোইবা ঙমই। মতুবু চহি অমা কৌবনি।
অসুম অতৎপা লৈতনা কোইরি ইমা মালেমনা।

গুরু—থঙলে ইবুংঙো মখা তারগনু। পারী থাজ অতোনবা
নংগী নতিক নয়াই অচৌবা হায়রোদনা।

থা—ননাই নচাদি ইতিক ইয়াই লৈজদে,
মালেম ইমাগী ফাখোং কৌবদা নুমিৎ ৩০ নি চংই।
ঐগী ইঙাল লৈজদে, নুমিৎকী মঙাল ফংজবনি,
অহুম্নদি ওইরগা ননাই লৈত্রবদি তাইবংপানদি কায়গনি।
তাইবং রস হাপ্পদি ননাই ঐগী ইঙমনি।
রসনা মরম ওইহনা জীব হিংবা ঙম্বনি।

ঐগী অইংবা মঙান্না মালেম মহাও হাপ্পনি।
ঐগী ইত্তিক হায়ববু হায়দুনা কান্নদে।
ঈশৈ ওইনা শকনরি, "থা থা থাবুংতোন
নচা মোরানবী কোনবিগে, পোবী শনম নম্বীগে,
হৈবোং চরোং অমতা থাদবিরকউ,
নথি মরক্তা তাখিনি, নয়ুং মরক্তা তাখিনি,
থুব্রা কনানা খুনবিগদগে!"

গুরু—ঙুংঙাইরে পারী ঙ্গমোম পূন্নমক
ইপানা নখোয়গী ইতিক নয়াই নঙম থঙবদা।
পম্থৌ ইপানা কোলোয় পাওমেল্লগে হৌজিক্তি।
নখোয়না ওম্না ওম্না লাকপনা তাইবংপান পোকপনি,
নখোয়না অমতা ওইনা লৈবনা তাইবংপান ঙাকপনি,
নখোয়না থৎনরণা তাইবংপানবা মাংবনি,
নখোয়দি অমগা অমগা শাগৈনি, থৎনফদে ইচাশা!
তাইবং জীব মাংগনি, নখোয়না য়েংথিনরগা।
নখোয়দি শাগৈগী নচিন ননাওনি, ইপা নমা অমতনি।
চান্নবস্থ, য়েক্নবস্থ, কাইনবস্থ নখোয়নি।
হৌজিক্তি ইপা বা হায়ুগে, নখোয় অমগা অমগা খুজেং পাল্লোইনরো। ইপা ঈশৈ হল্লগে, ঔগ্রি হংগেন চোংলসি।

( গুরুগী য়াথং তাবদা ময়াম অমগা অমগা মখুৎ শন্নরকলে, গুরুনা ময়াইদা লেপলে অতুগা হায়রকই )।

ইচাশা ঐনা "হো হায়য়ো!" হায়রককে, নখোয়না "হৈ হা" হায়না খুম্মকো।

ময়াম—গুরু।

গুরু—অতুদি খুমলো "হো হায়য়ো"।

ময়াম—"হৈ হা"।

গুরু—"হো হাযয়ো"

ময়াম—"হৈ হা"।

গুরু "হো হায়য়ে।"

ময়াম—"হৈ হা"

গুরু—"হে থব্রাই মঙামক, মিগা থানা তরুকমক।"

ময়াম—"হে থব্রাই মঙামক মিগা থানা তরুকমক।"

গুরু—"থব্রাই হামচৎফরোইয়ে।"

ময়াম—"থব্রাই হামচৎফরোইয়ে।

গুরু—"মীরেন হামবোই ফরোইয়ে।"

ময়াম "মীরেন হামবোই ফরোইয়ে।"

গুরু—"থব্রাই নংগী লৈফমদি"

ময়াম থব্রাই নংগী লৈফমদি।"

গুরু—"গুরু ফানখোং পাইদুনা।"

ময়াম—"গুরু ফানখোং পাইদুনা।"
গুরু—হো লৈজরো, হো লৈজরো, হো লৈজরো দে॥
ময়াম—হো লৈজরো, হো লৈজরো, হো লৈজরো, দে॥

---

ড্রোপ

লোইরবা।

# নৈনবা ৱারম

"অঙাংগী দ্রামা মচা অহুম" হায়বা দ্রামা লাইরিক অসিদা মরুওইনা য়াওরিবদি বিষয় অহুমনি। অহানবা বিষয়—মনা-মশীং, মহৈ-মরোং কময়দোনা থাগদগে হায়না খঙহনবা হোৎনবদা অঙাংশিংদা মপুকনিং স্নুংঙাইনা দ্রামাগী মওংদা শান্নহন্দুনা তাকপনি। মসিগী মরুওইবা উদ্দেশ্যদি হৌজিক্কী শিক্ষা বিভাগনা অনৌবা মওংগী ইতুকেসন পীরকলি। বেসিক স্কুলদা মরুওইনা ইংখোল কোইবগী বিষয় য়াওনরকলে। মসিগা লোয়ন-লোয়ননা অঙাংশিংবু পুথোক্তুনা ময়াম মমাংদা ৱা ঙাংহনবগী শক্তি তম্বিবা। অতুগা মরি লৈননা মহৈ-মরোং, পাম্বী থাবগী নিয়ম, মতম, হার, চারগী কান্নবস্মু খঙহন্নবা হোৎনবা। হৌজিক্কী যুগতা মরাং কাইনা ফম্লুদি মী মশীং-হেনগৎলকপা, অৱাবা অমনা চিঙ্গাক্কি চাউখৎনবা হোৎনদনা মসি করিনা থোকপনো হায়ববু লৌউবা, মালি, ইংখোল কোইবা মীনা পুক্নিং চংবিদবা। লাইরিক খরা তমলুরবস্মু তলব চানবা থবকতা থিবা অসিনা চিঙ্গাক্কী অরুবা অমা ওইরকলে। মসি কোকনবগী মওংদা লৌমীগা মহৈ-মরোংগা তানন্দুনা চিঙ্গাক থোকহন্নবা হোৎনবনা মরুওইবা থবকনি

...শিনা অমরোমদা "plying method"(শাম্নতুনা ...বা) ...বা অতুম্থ্ পোকই। ড্রামা মচা অসি য়েংলিবা ...রিবা মীনম্থ্ মপুকনিংদা মুংঙাইবা অমম্থুং খঙনিংবা ...বনি।

অনিশুবা ড্রামাদা "শাগী সভা" হায়বা অসিদা মীওইবা মাজ অসিদা লৈরিবা মীশিংগী তোঙান-তোঙানবা মপুকনিং, বুদ্ধি, মরোশিং, মরিংজেল, মতিক, ময়াই, মওম লৈরি। খোয অতুগী মহুৎশিন্দুনা শা অমমমনা ফোংদোকই। শম্না য়রবদা সমাজ অমা লৈরবদি নোংশাগুম্বা, কৈগুম্বা, হুইগুম্বা, মঙইগুম্বা, হৌদোংগুম্বা, যোংগুম্বা মীওই কয়া যাওরি। ...তুনা জ্ঞানীশিংনা মীবু শা হায়নম্থ্ মমিং থোল্লি। মখোয়গী ...ত্তা শানা শিন্দুনা নাটক (ড্রামা) শাম্নহনবনি। মসি অঙাং-দি য়াম্না মুংঙাইবা পোকই। ওজাশিংনা পাওতাক্কা লোয়ননা ...ম্নিবরদি তুংদা সমাজগী ৱাখল চেনবা কাম্নরবা তমজনিংঙাই ...হিরবা মীওই কয়া অঙাংশিংদগী শেম্বা পোকনি।

অহুমশুবা ড্রামাদা "লাই সভা" হায়বা অসিদি খরখিৎ ...রে, ৱাহৈদি অরাইবনি—ভাবতি ৱাংলে। হৌজিক ...ঙাংশিংনা ধর্ম্ম লৈত্রিবা অসি মখোয়বু শারিবা পোৎশক মঙা ...পক হুড) অতুগা থরাই অসি মশক খঙদবদগী তৌরিবনি। ...ম্না অসি দার্শনিক ড্রামানি হায়বা য়াই। অশিংবা মী

অমা ওইগেঁ হায়রবদি পোৎলম মঙা অসি মুম্মা খঙগদবনি। মখোয় মখোয়গী মতিক-মগুণ মুম্মা পৃথিবীদা লাম্বা নৈতবা পণ্ডিত অমা ওইগে হায়রু অসিগা মরি নৈননা খঙবা মীনা ওইরিবনি। সাইন্স ওইরবস্তু মসি মশক খঙদবা য়াদে। ঐখোয়গী অঙাং নহারোগ শিংনা পুকচেল কুপ্রিবা, হৈ শিংবা ৱাংলিবা অসি পোৎলম মঙা অসি নৈনদবদগী থোকপনি। মরম অসিনা অঙাংশিংগ জ্ঞান অসি খরদং পীনিংডুনা ইজবনি। থোইনা লুবা দ্রাম নত্তে, অঙাংশিংনা চিনফা পুথোকলগা শামহল্লবদি, অযেংব ভাবক ফাওবা মুংঙাইগনি। নৈনবা ৱাংপা ভাবকতি থোইন অঙকপা ওইগনি। মসিগী উদ্দেশ্যদা পোৎলমমঙাবুলা মঙং লেপতুনা ৱারী-ৱাতাই শাহনবনি।

---